# অকপা সিংনাঙ

( ড্রামা )

লেখক—শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ
কোঙৈং লৈকাই
ইম্ফাল

স্বত পুমমক অইবশীনি

মমল. লুপা ১.৫০

# লেখকী লাই রিক খর

(১) খুবোংথিবদগী কলহৌনবা উপাই

(২) সাধারন ভুগোলগী খ রম

(৩) মেলেরিয়া

(৪) কো-ওপরেসন

(৫) হিন্দী অমসুং ইংরেজী হৈনবা লাইরিক

(৬) ইংরেজী অমসুং হিন্দীগী লমজিং লাইরিক

(৭) অকবা সমাজ

(৮) প্রেকটিকেল এগ্রিকলচর

অকোংবা—অইবা

অহানবা কোংবা ১৯৭১ এপ্রিল

( কোপি মশিং ৬০০ )

পুকচেল চাওরবা ড্রামা পার্টিনা "অকবা সমাজ" শান্নবিগে হায়রবসু লেখকগী পার্মিসন লৌবিরগা শান্নবিবা য়াগনি।

অইবা

তাং ১৪/৪/৭১ ইং

# অফবা সমাজ

অফবা সমাজ হায়বা ড্রামা অসি [illegible] সমাজ মাঙ-থংনবা কমদোনা তৌগদগে ? কমদোনা শেমগৎকদগে ? কমদোনা অফবা সমাজ শেমগৎকদ ণ ? হায়বা হিরম কয়া মরুমদা নৈনবা হিরম ওাক্তুনি। অফবা দেশ-বাশিনা অফবা দেশ ওইবা ওমই। অফবা সমাজ ওইবসু ওমই। মীনা চাওখৎলগা দেশ চাওখৎনি। মী ফরগা অফবা সমাজ ওই হায়বা অসিমক অচুম্বনি। মীওইবনা সমাজগীদমক্তা অফবা থবক পাংথোক্লদবনি। দেশগীদমক্তা অফবা ন্নাথল, থবক, লমচৎ শাজৎ শেমগৎকদবনি, লিংজেন মান্নবা পুকচেন, খোইজেন তিম্নবা অসিনা অফবা সমাজ শেমগৎনবগী অথোইবা পান্বনি। মুপী মুপা পুম্না চাওখৎলগা অফবা সমাজ ওইবা ওমই। লাইরিক অসি মণিপুর সরকারনা ফোংদোক্লবা মতেং পিনবিবগীদমক্তা হম্না হম্নাঅইবনা থন্যবাদ তৌজরি।

শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহ
কোজেং লৈকাই ইম্ফাল।

## নুপাগী শক্তম

১। বলরাম (সাবিত্রিগী মপা)

২। বীরজিৎ

৩। চৌরজিৎ

৪। বীরেন্দ্রো

৫। সুমিত্রগী মপা (মাধব)

৬। ঈশ্বর

৭। ধীরেন

## নুপীগী শক্তম

১। সাবিত্রি

২। মহাক্কী মতারোই

৩। বিমোলা অমসুং
মহাক্কী মতারোইশিং

৪। সুমিত্র

৫। সুমিত্রগী মমা
(মাধবীলাতা)

# অফবা সমাজ

## অহানবা তাঙ্কক

নিংথৌরেনগী কোচুংগুম্না তৌরবা শজাইনি। চাওরবা লৈকোল অমা শজাইগী নোংপোক থংবা চিদাইদা লৈ। হৈ লৈমা মতম নাইনা শাংকাইরি। নামিবা মলয়ামা অয়ুক্তা মতমদা রি রি থে ংগোই হমন্রি। য়েংবগী পেনবা নাইজে। হৈনম লৈনম্মা থম্রবা লৈকোংনি। নামিবা মলয়ানা অয়ুক্তী মতমদা শজাই য়োমদা হমহনা শজাইগী কা পুম্নমক্তা হৈনম লৈনম্মা শীনল থনহল্লি। য়েংবগী পেনবা নাইদবা শজাইনি। কা কা থুদিংদা মরিকশাখা লৈতেংই। য়েংবগী অয়াং শপা লৈরবা শজাইনি। শজাইগী মথুংতো বলরামা অয়ুক্তা য়াহৌরকপ। মতমদা হৈরাং লৈরাংনা লৈনা জগোই শারি। ক্রুমিংকী ন্না অহিংবা প্রান্না মশেল্লা য়েনদা হৈরাং লৈরাংনা মকা ইফল ফলনা শাংকাইরকলি। লৈকাদগী থোরকপা লৈনমনা বলরামগী শজাইরোমদা হমলক্তুনা বলরামগী ইমুংদা লৈবা মী পুম্নমক মশা মশা লোইনা কৈ, নোই পেল্লি। কুচু বুনেন থোকই। নাদে য়েক্কে। হকচাং কনবগী




## লেখকী লাইরিক থর

(১) থুদোংথিবদগী কলহোনবা উপাই

(২) সাধারন ভুগোলগী মরম

(৩) মেলেরিয়া

(৪) কো-ওপরেসন

(৫) হিন্দী অমসুং ইংরেজী হৈনবা লাইরিক

(৬) ইংরেজী অমসুং হিন্দীগী লমজিং লাইরিক

(৭) অফবা সমাজ

(৮) প্রেকটিকেল এগ্রিকলচর

অফোংবা—অইবা

অহানবা ফোংবা ১৯৭১ এপ্রিল

( কোপি মশিং ৬০০ )

পুকচেল চাওরবা ড্রামা পার্টিনা "অফবা সমাজ" শান্নবিগে হায়রবসু লেখকনা পার্মিসন লৌবিরগা শান্নবিবা য়াগনি।

অইবা

তাং ১৪।৪।৭১ ইং

# অফবা সমাজ

অফবা সমাজ হায়বা ড্রামা অসি সংগঠনা সমাজ চাও-থংনবা কমদোনা তৌগদগে ? কমদোনা শেমগৎকদগে ? কমদোনা অফবা সমাজ শেমগৎকদগে ? হায়বা হিরম কয়া মরুমদা নৈনবা হিবম ঙাক্কনি। অফবা দেশ-বাশিনা অফবা দেশ ওইবা ঙমই। অফবা সমাজ ওইবসু ঙমই। মীনা চাওখৎলগা দেশ চাওখৎনি। মী ফরগা অফবা সমাজ ওই হায়বা অসিমক অচুম্বনি। মীওইবনা সমাজগীদমক্তা অফবা খবক পাংথোক্লদবনি। দেশগীদমক্তা অফবা রাখল, খবক, লমচৎ শাজৎ শেমগৎকদবনি, লিংজেন মান্নবা পূকচেন, খোইজেন তিন্নবা অসিনা অফবা সমাজ শেমগৎনবগী অথোইবা পাম্বৈনি। হুপী হুপা পুম্না চাওখৎলগা অফবা সমাজ ওইবা ঙমই। লাইরিক অসি মণিপুর সরকারনা ফোংদোকুবা মতেং পিনবিবগীদমক্তা হন্না হন্নাঅইবনা ধন্যবাদ তৌজরি।

শ্রীযুম্নাম য়াইমা সিংহ
কোজেং লৈকাই ইম্ফাল।

## নুপাগী শক্তম

১। বলরাম ( সাবিত্রিগী মপা )

২। বীরজিৎ

৩। চৌরজিৎ

৪। বীরেন্দ্রো

৫। সুমিত্রগী মপা (মাধব)

৬। ঈশ্বর

৭। ধীরেন

## নুপীগী শক্তম

১। সাবিত্রি

২। মহাক্কী মতারোই

৩। বিমোলা অমসুং
মহাক্কী মতারোইশিং

৪। সুমিত্র

৫। সুমিত্রগী মমা
( মাধবীলাতা)

# অফবা সমাজ

## অহানবা তাঙ্কক

নিংথৌরেনগী কোঙ্গুম্না হৌরবা শজাইনি। চাওরবা লৈকোল অমা শজাইগী মোংপোক থংবা চিদাইদা লৈ। হৌ লৈমা মতম নাইনা শাংকাইবি। নামিবা মলয়ানা অয়ুক্তা মতমদা রি রি থে ংদোই হমনি। য়েংবগী পেনবা নাইনে। হৈনম লৈনম্না থল্লবা লৈকোলনি। নামিবা মলয়ানা অয়ুক্তা মতমদা শজাই য়োমদা হমহ্না শজাইগী কা পুম্নমক্তা হৈনম লৈনম্না থলহল্লি। য়েংবগী পেনবা নাইদবা শজাইনি। কা কা থুদিংদা মচিক মশাক্না লৈতেংই। য়েংবগী অয়াং মপা লৈরবা শজাইনি। শজাইগী মথুংহুত্তা বলরাম্না অয়ুক্তা যাহৌরকপা মতমদা হৈরাং লৈরাংনা লৈনা তঙ্গোই শারি। থুমিংকী স্না অহিংবা মানম্বা মশোক্না হৈনদা হৈরাং লৈরাংনা মকা ইফল ফলনা শাংকাইশ্রকলি। লৈকাদগী পোরকপা লৈনমনা বলরামগী শজাইরোমদা হমলক্তুনা বলরামগী ইমুংদা লৈবা মী পুম্নমক মশা মশা লোইনা কৈ, নোই পেল্লি। কুচু বুমেন পোকই। নাদে য়েক্কে। হকচাং ফনবগী

মশক ওইরবা লৈকোন অসিনা মরম ওইদুনা বলরামগী ইমুং মচুংগী মী পুম্নমক লোইনা মশা মণ্ড ফনা লৈবা ঙমই। নোংমত্তস্ু মাদে য়েক্কে। হৈকোল লৈকোনগী লৈনম্না পুন্সি চুপ্পা নাদ য়েক্কনা লৈহনবা ঙমই। পুন্সিগী অথোইবা লনবু নোংমা নোংমগী চাওথংহনবা ঙমই। মশা ফবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলকই। মশক মতৌ ফত্তৈ ফজবা খিবিক্লা ছুংনফম ওইরি। বলরামগী ইমুং মচুংগী মীপুম্নমক মশক মতৌ ফজবদা মপা লৈতবা অমা ওইরে। মী পুম্নমক্লা মখোয়গী ইমুংত্তবু শিংথানরে। অসিগুম্বা ইমুংদগী মথোক কারকইরিবী যবনগী শকুমদা মপা লৈত্রবী সাবিত্রিনা লাইজা ঈপাল লাংগে হায়দুনা মথুত্তা সনাবুল অমা পায়রদুনা পম্বোগী লৈকোনচুংদগী থোরকই।

[ সরক্তা মত্তায়োই খরসু লাকপা থেংনবা ]

সাবিত্রিনা—ইত্তা ইবেম্মা ত্তান চানা থেংনরেদা।

মত্তাশিংগী মরক্তগী অমনা—ইরুজবগা থোং তেকপগা মায়ৈ হায়বা অদুনি।

সাবিত্রিনা—ঐনা ইত্তাখোয়বু লাকপা য়েংদুনা লৈরমইবনে, ইত্তা ইবেম্মা।

মত্তাশিংগী মরক্তগী বিমোলা দেবীনা সাবিত্রিদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

বিমোলা—ইত্তা সাবিত্রিনা ঙাইদুনা লৈরম্বা য়াম্না ফরে, ঐনা নংবু ঊননিংদুনা লৈরমইবনি।

সাবিত্রিনা—করিগীনোনে ইত্তারোই ?

বিমোলা—করিসু নত্তেদা ! ইত্তানা শাওগত্রা হায়ছুনা হায়দবনি, য়েংঙোই নহান টোটিদা ঈশিং শোকপা হারকপদা ইররকপা পাথংছননে নঙোন্দা পিয়ু হায়ছুনা চিঠি অমা ঐঙোন্দা পিরমই, অদু হায়গে ত্তোবনিদা।

সাবিত্রি—করিগী শাওরুনি, মানাবু করি করি ইত্তাদা হায়বগেনে ইত্তারোই।

বিমোলা—মানা হায়্‌বুবো, ইত্তাবু য়াম্না নুংশি হায়রমই, নুংশিছুনা ইত্তাদা রা হায়বা ঙমদছুনা ঐঙোন্দা চিঠি অসিগা লোইন্না থরা ত্তমবিয়ু হায়রমই।

সাবিত্রি—ঐনা মাবু নুংশবদি য়াম্না কুইরবনি। অছবু ... ...

বিমোলা—চিঠি অসি

সাবিত্রিনা—চিঠি লৌরত্তনা পাবা।

বিমোলা—ইত্তা ইবেম্মা করি করি নুংশি পাও ত্তমগদৌরিবনো ?

সাবিত্রি—করিবু ওইনি, পুন্সি লৈপুন শেন্নবা য়াগত্র হায়বনি।

[টোটিদা ঈশিং য়াবা লোইরছুনা শজাইরোমদা হন্নকপা অমসুং মযুমদা চংখিবা। অশোমদা বিরজিৎনা চৌরজিৎকা লোয়ননা সাবিত্রিগী নুংশি নুংঙোনগী মরমদা রারী শাবা :—]

মত্তম—নুমিদাং রাইরম, মফম লৈকোন্দা,

বিরজিৎনা—মরুপ চৌরজিৎ, নুংশি মৈশানা চাক্লে ঐগী থম্মোয়সে। অমুক্তা কনবিয়ু মরুপ্পা।

চৌরজিৎনা—মরূপ, মুংশি মৈচাকত্তি মুংশিবা অহুতবু উনরগা
মহাকতনা কনবিবা ঙমগনি।

বিরজিৎনা—যরে, সাবিত্রিখোইরোমদা লেংথোকউশি, মরূপ।

চৌরজিৎনা—য়াম্না করে লেংথোকউসি।

[চৌরজিৎ অমস্যুং বিরজিৎনা মযুম মযুমদা চংখিবা মফি মরোল শেং চারদুনা থোরবপা লৈকোন্দা মখোয় অনিমক উম্বা]

লৈকোন্দা

চৌরজিৎনা—মরূপ, মতম চংরিবৈদা লেংথোকহৌরুসি।

বিরজিৎনা য়াম্না করে মরূপ স্না খোংলেংলসি।

চৌরজিৎ—সাবিত্রিখোয়গী লৈকোন য়োরে।

বিরজিৎনা—ঐদি ইকাই লৈকোন্দা ঙাইহাক পোথাখিসি।
মখোয়না লৈকোন্দা পোথবা।

সাবিত্রিনা—লৈকোন্দা লৈ হেকপা লাকপা। বিরজিৎনা সাবিত্রিগা উম্বা। ঙাইহাক য়ারী শাহনা লৈমিন্নবা। অমনা অমগী মুংশি মৈচাক ফোংদোক্লবা। লৈ-শুনা হায়না হয়া শাৎলিবা, খোইমুনা কোইন ইল্লিবা, নামিবা নলয়ানা রি রি খোংদোইরিবা। খোইমুনা মানা মানা পাম্বা লৈ-শুদা তোংহনা লৈহি পেন্না পেন্না মনিং তম্না চুপলিবা। কুমিদাং য়াইরমগী স্না অহিংবা মাল্লবা কুমিৎকী মশেক্লা হৈরাং লৈরাংদা য়েংহনা পোমশাৎনরম্বা লৈরাংশু মক: কম্না শাৎকাইরকইবা খোইমু লাবা থাংজেংবনা পোমশাৎনরম্বা লৈরাংনা

মকা ইফন ফগ্না শাংক্বাইরকপদা লৈকাদা তোংল তোংলহুনা লৈহি পেন্না পেন্না চুপলিবা অহু বিরজিৎ অমসুং সাবিত্রিনা উবদা মখোয়সু ঐখোয়গুম্বনি খল্লুবদা মুঙাইবা ইহুন তোইনা তোইনা ইহৌরকই। মুংঙাইবগী পম্বুংফমকনি খনহুনা লৈনা জগে.ই শারি য়েংউ য়েংউবদা অন্নাংপা অমত্তা লৈতরি। পামেন উজাও থক্তা পোম্বী চেক্লনা চিলোক্লনা মুংশি র.রী লিরি, উরুবদা মখোয় অনিগী পানদম্‌গুমই খল্লই। অসুম লৈকোনদা ঙাইহাক মুংঙাইমিন্নরগা খংহৌদনা মুমিৎনা নোংচুপ চীংয়াগী মরুমদা লৈথখরে। চোরজিনা মরূপ স্না খোংলেংলসি হায়হুনা ঈঙ্গিৎ তৌরকপদা বিরজিৎনা মিৎনা ঈঙ্গিৎ পিখিরমই।

বিরজিৎনা—মরূপ স্না খোংলেংলসি,
চৌরজিৎনা—ফরে মরূপ স্না খোংলেংলসি। [ঈশৈ শকপা]

মুংঙোললে মুংঙোললে পাইমামুংদা
মুংঙোললে, বসন্তগী অমুক্তা
হৈরাং লৈয়াংগী লৈকোমুংদা
পোম্বী চেক্লা চিলোক্লবগুম
লৈকা ফলনা শাংলবা লৈয়াংদা
খোইম্নু লাবনা ঙংবগুম।
লৈয়াংগী জাত্তনা খল্লবা
খোইমুগী জাত্তনা তিল্লবা

নৈহিত্তনা চোৎলবা
ফজবা খিবিক্লা ত্তিল্লবা
পাইমাঙ্গুংদা ঙ্গুংঙ্তোললে
নৈকা থক্তা ত্তোংঙ্গনা
নৈপাম্বা খোইমুনা
নৈহি পেম্মা চুপ্পগুম
নাম্বিধা মলয়ানা
হৈনম নৈনম হুমবগুম
ঙ্গুংশি মপাও হুমলকলো
পাইমা ঙ্গুংগী নৈকোন্দা।
পাইরকলো চেক্লা থম্মোয় নৈকোনঙ্গুংদা
ঙ্গুংশি রারী লাঁজগে
ঙ্গুংশি মপাও তমজ্জগে
পাইরকলো চেক্লা ত্তোইনা ত্তোইনা
হৈরাং নৈরাংনা থল্লবা নৈকোনঙ্গুংদা।

[বীরজিৎকী ইমুং মঙ্গুংগী চাকরী ত্তৌবা বীরেন্দ্রোনা বির-জিৎকী ইমুংগী শেল-থুমগী হিসাব, পোৎ-চৈ নৈবগী হিসাব, কেমিলি বক্সেৎ, অসিনচিংবা গুই। নোংমগী অরাকপা শেল, চাদিং ত্তৌখিবা শেল অসিনচিংবা নিংথিজনা হিসাব ত্তৌই বিরজিৎকী ইমুংগী হিসাবস্তু অফিসগী ফাইন গুবগুম গুই।]

[ ইমুং-মঙ্গুংগী অফিস ]

বিরজিৎনা—ইবুংঙো বীরেন্দ্রো, কুমসিগী ফেমিলি বজেৎ শেন্না লোইরো। লুপা কয়াম্বুক্কী হিসাব ওইগদগে মুন্না পাথোকলগা ঐঙোন্দা পিরকউ।

বীরেন্দ্রো—ফনি সাহেব,

বিরজিৎনা—ঐগী কার অহু থোবা ধীরেন বাবু লাক্লব্র' ?

বীরেন্দ্রোনা—লাকলে ডাক্তর সাহেব, ধীরেননা কার থোদোরক-রকপা, বীরজিৎনা কার তোংহ্না হোসপিটালদা চৎথি। বিরজিৎ অসি অফাওবা ডাক্তর সাহেব অমনি। মহাক্না লাইয়েংবদা ফজবা অমত্তা য়াওদে। হিরম থুদিংমক্তা য়াম্না হৈরবা মবুকচেল চাওবা ডাক্তর অমনি মানা শেলগীদা নত্তনা অনাবা মীতব ফরগা লোইরে থন্দুনা লাইয়েংবা ডাক্তর অমনি। মহাক্না অনাতববু ফরগা লোইরে থল্লি। মীগী উপাইত্তা তৌরগা লোইরে থল্লি, মীবু কনবিবত্তনা মহাক্না ফাওরিবনি।

[ লাইয়েংবা লাকপা মীগা ন্নান্নী ন্নাতাই। ]

বিরজিৎ—ঐনা অনাবা মীশিংবু লুনা সেবা তৌজবা ফংলিবসি ঐগী লাইবক ফবনি থল্লি।

লাইয়েংবা লাকপা মী—ইবুংঙো বাবু, ইবুংঙোগী লাইবক ওনথোক্না কৈদকো, ঐগী ইচাসে অমুক্তা মুন্না য়েংবিযুকো,

বিরজিৎ—ইবুংঙো নংগী নথুৎ অসি কৈদোঔে শোকপনো ?

অনাবা—ওয়াং অমুক তেকপনি।

বিরজিৎ—শিংলি লৈথেকপা ওইরমদুনা হাম্নগী মকমদা লৈশিল্লগা হিদাক থাদুনা বেঙ্গেজ পুনশিনখিবা।

বিরজিৎ—অনাবশিংমু নিংথিজন্না লাইয়েংবা, লোইরগা মযুমদা কুমখিবা।

[বিরজিৎনা কায় তোংদুনা মযুমদা য়োংবা মতমদা মযুমদা লাইয়েংবা লাকপা অনাবশিং লৈরম্মী। মহাক্না থুনা চাক চারগা মখোয়গী সেবা অমুক তৌই। লোইরগা কায় তোংদুনা হোসপিতালদা চৎখি।]

চৌরজিৎকী মরুপশিংপাং উননবা লৈকোন অমা লৈ। লৈকোন অদুদা অশেংবা তুংশিত্তনা শিংলি হৈরাং লৈরাংনা ফুগাইনা শাংলি। মখোয়না অশেংবা তুংশিংত্তা, হৈনম লৈনম চেন্নবা অইংবা মফমদা ফমদুনা রারী রাতাই শাই অমস্তুং পোথাই। মসি মখোয়গী চৎনবানি বিজ্ঞানিক ওইবা যুগ অ'সদা অশেংবা হৈনম লৈনম চেন্নবা মফমদা পুক্নিং মকা লাম্না, পুক্নিং শেংনা তুংত্তাইনা লৈনবা হোৎনবা মতমনি। অশেংবা তুংশিং তুংশা ফংনবগীদমক্তা কন্না হোৎনবা অমস্তুং অশেংবা তুংশিং তুংশাদা লৈ।

[চৌরজিৎকী লৈকোন্দা বিরজিৎ লাক্লুনা রারী রাতাই শাই। অমস্তুং পোথাই।]

বিরজিৎ—হয়েংদি সাবিত্রিবোয়দা লেংথোকউসি।

চৌরজিৎ—হোয় মরুপ।

বিরজিৎ অমস্তুং চৌরজিৎ য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপনি।

মপ্‌কচেন শেংনা পুকচেন খোইজেন অমতা ওইনা তিন্নবা মরূপনি।

বিরজিৎন—লৈকোন্দা পোখাদুনা লৈরিবৈদা মরূপ চৌরজিৎ
লাক্লুনা মফি মরোল শেত্নুনা চখোকখিবা।

চৌরজিৎন—মরূপ, ঙাইশাক চখোকউসি। বিরজিৎনা—হোয়,
মরূপলোই।

[বিরজিৎ অমসুং চৌরজিৎনা সাবিত্রিগী লৈকোনদা য়োরকপা।]

সাবিত্রি লাকপা। সাবিত্রিনা লৈ অমা হেক্লুনা লৈবা বিরজিৎনা
সাবিত্রিগী মনাক্তা চংলক্লুনা লৈ অমা হেকই। রারী শাবা।]

সাবিত্রিনা—কৈদোরগে নহানমখৈ লাক্লবো?

বিরজিৎ—থবক খরা চিন্দুনা লাকপা ঙমদবনি ইবেম্মা শাওনিংব্রা?

সাবিত্রিনা—কবিগী শাওদোরিবা থবক চিনবগী লাক্লবো

বিরজিৎ—হয়ে নখৈদি শোয়দনা লাক্লনি, ইবেম্মা সাবিত্রি।
রারুগদবু ইবেম্মা।

সাবিত্রি—ঈশৈ অমা শক্লুনা লৈ অমমন অসুম হৈক্লুনা লৈবা।

ঈশৈ

কুংশি কাদা থুংজগে
পন্থৌ কোন্দা শাংচবা
পাম্মু কাদা য়োংজগে।
পুন্সিগী লৈপুন ওইজগে
পোম্বী চেক্লা চাক্লমিনবগুম
পাম্মু কাদা তিন্নজগে
থুংহনবীয়ুকো পাম্মুবা

য়াইফ লম্বীদা লমজিংবিয়ুকো
পাইমা মুংজা খোইদজৈ
মুংশি কাদা থুংজগে
হনদক মপোক অসিদা

বিরজিৎ—

পাইমা মুংদা খোইদাজৈ
মুংশিবী নংবুতবু
পাইরকলো চেক্লা
ঐগী থম্মোই লকানু-দা
করম্বা মতমদা থুংনশিবা
ঐনা নংবুতবু মুংশিদা
করমনবু হায়রসিনো

হুমিৎনা নোংচুপ্তা তাথ্রবদা বিরজিৎ চৌরজিৎ ময়ুংরে'মদা হল্লক্লে। সাবিত্রিসু ময়ুমরোমদা চংখ্রে।

বিরজিৎ অমসুং সাবিত্রিনা পুকচেন খোইজেন অ-ত্তা ওইনা তিন্নবনা পুন্সিগী মুংডাইবগী ভমখে লৈতরে হৈনম লৈন-মনা চুরবা লৈকোন্দা অমত্তা ওইনা তিন্নশিবনা মুংশিগী হৈনম লৈনম মলয়না রি রি খোংদোইরকপগুম মখোই অনিগী মুংশি মপাওসু হুমলকলে। পুকচেন খোইজেন তিন্নবা হায়বসি ভমগে লৈতনা মুংডাইবা ফংই। লিংজেন মান্নবনা অমসুং পুকচেল খোইজেন তিন্নবনা হিরম থুদিংমক্তা নিংথিজনা পাংথোকপা ভমই।

[ মতম হুমিদাংরাইরম ]

[ সাবিত্রি অমসুং বিরজিৎনা লৈকোন্দা শকপা ঈশৈ। ]

তুংশিবগা তুংশিবগা তিন্নজবা
চান্না মিনোক নোকমিনবা
মিংকা মিংক চান্নজবা
পুকচেন খোংজেন তিন্নজবা
পুকচেন অমত্তা ওইজবা
খুংশি কাদা থুংজবা
তুংশিবগা তুংশিংবাগা তিন্নজবা
ইজাতিবু শেমগৎপা ভমজবা
ঈবৈবাক্কী সেবা ফংজবা
জীবগী ভর অনা কনবা
শুনজবা পিনবিয়ুকো
তাইবং মপুগী থুযা খাদা
থুবাং চাংজো তরা লোন্নতুনা
খুরুমজরি নিতিগী তত্তনা
পুসিগী য়াইফা লম্বীদা
লমজিংবিয়ুকো ইবুংঙো ॥
থুরু থুদক কুনতুনা মথুং অনি
লোন্নতুনা থুরুম্বা উৎপা দৃশ্য

[ বিরজিৎ অমসুং সাবিত্রি য়ারী শাবা। ]

বিরজিৎ—ইবেম্মা সাবিত্রি, ঐখোয় অনিনা পুকচেন তিন্ননা লিংজেন মান্ননা ইরৈবাক অমদি ইজাতিবু তুংশিনা

সেবা তৌজবা ফংলবদি কয়াদা নুংঙাইজবা।

সাবিত্রি—ত'মো, ঐখোই অনিনা অমত্তা ওইনা ইরৈবাক অমদি ইজাতিবু শেমগৎচা অমসু' সেবা সে'বি তৌতুনা লৈজবা ফংলবদি নুংঙাইনিকো তামো। পুনসি অসিদা ইজাতিবু মখৈ লৈতনা শেমগৎচবা ঙমলবদি ওনথোকনা নুংঙাই-জগনিদা, ঈশ্বরনা করম তমলিবা!

বিরজিৎনা—ইরৈবাক ইজাতিবু নুংশিনা সেবা তৌজগে নিংজবা ঐগাকনি। ইজাতিবু সেবা তৌজবনা ঐহাক্না পোকচবগী মহৈ ফংনবা ঙমগদবনি

সাবিত্রি—ঐহাক্না ইবুঙোনা পাংজবা সেবা অতুদা মতম মফম পুন্নমক্না মতং পিজনা ঙনলবদি পোকচংগী মহৈ মাল্লে হায়না নিজগনি

বিরজিৎ—ঐখোয় অনিমক্না কন্না হোৎনতুনা ইরৈবাক অমদি ইজাতিগী সেবা তৌজগে হায়না ঈশ্বরগী মফমদা বোটি প্রার্থনা তৌনা নিজনি।

সাবিত্রি—পুকচেল থোইজেন তিন্না লিংজেল মান্না অমদি পুকচেল শেংনা ঈশ্বর নহাক্কী মফমদা থরুনজরবদি শোয়দনা ফংগনি হায়রি।

বিরজিৎনা—প্রজা পুন্নমক্না থরাই য়াওনা ১ংবিরক্লবদি শোয়দনা ফংগনি।

সাবিত্রি—ঈশ্বরগী কৃপা হায়বা অতুনি।

বিরজিৎনা—হৌজিকী মতমদদি প্রজাগী সেবা তৌজবা ফংজবসু ওনথোক্লা ভাংলে। ইবেম্মা সাবিত্রি।

সাবিত্রি—হে য়নে তামো, থবক ফংদবা অসিনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম অনাবা হেনগৎলকপগুম হেনগৎলকপনা ওনথোক্লা ৱারেদা।

বিরজিৎনা—ঐখোই অনিনা লিংজেন মান্নবা, পুকচেন শেংনা পুকচেন খোইজেন তিন্নবা প্রজাগী সেবা তৌসিনে ইবেম্মা সাবিত্রি।

সাবিত্রিনা—তামোনা নিংজরিবা পুন্নমক্কা ঐসু নতুং ইনজরকনি ঐনা ভম্বা মতেংসু শোযদনা পাংজগনি।

বিরজিৎনা—ইবেম্মাগী মতেং ফংলবদি মতম কুইনা প্রজাগী সেবা তৌজবা ফংগনি।

সাবিত্রিনা—ঐহাক নহাকী নতেং পাংবীনি মতম মফম পুন্নমক্কা ইবুংঙোগী নিংজবা অত্থু ঐহাকীসু নিংজবনি অমত্তনি।

বিরজিৎ—ঐনা নিংজবসু অত্থুতনি। থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নজবা অসিতনা মঙ্গল ওইগনি নিংজৈ।

সাবিত্রিনা—ঐনা নিংজবা পুন্নমক লোইনা চপ মান্নরে, ঐহাক্লা নিংজবা পুন্নমক থুংজরে। ইবুংঙোনা নিংজবা পুন্নমক শোয়দনা থুংলগনি।

বিরজিৎনা—সাবিত্রিগী মপুকচেল পুন্নমক লোইনা থংদোকলে। মহাকী মপুকচেনসু মহাকা চপ মান্নে হায়বা অসিমসু মপুক্তা থংজরে। তিন্নবা য়াগনি হায়বসু থংলে।

( মপুক্তা খংজবা ) ( চপ চান্নবা হায়বচ্থু থোক্লে )

সাবিত্রিনা—বিরজিৎকী মপুকচেন লমচৎ শাজৎ রাঙাং শাঙাং, মহাক্কী নিংজবা, রাখল, থবক তৌগদবা পুন্নমক থংদোক্লে। মহাক্কা তিন্নবা, লোইনবা, লৈমিন্নবা য়াগনি হায়বস্থু খংদোকলে।

(পুন্নমক অসিনা পুন্সিগী লৈপুন শেম্বা য়াগনি খংলদুনা মপুক্তা খনজবা ) ( পুকচেন খোইজেন চপ মান্নরে )

বিরজিৎনা—সাবিত্রী লোৎরবদি ঐহাক হুংঙাইগনি, ঐহাক্কা তৌগে নিংজবা পুন্নমক্তা মতেং পাংগনি, থবক ওইনা পুকচেন খোইজেন তিন্নবা লিংজেন মান্নবা হোৎনমিনদুনা থবক পাংথোকপা ঙমগনি, থবক মঙ্গোল ওইগনি নিংজবা ( মপুক্তা খনজবা )

সাবিত্রিনা—ঐনা বিরজিৎতা লৈরবদি, ঐহাক্কা পামজবা, নিংজবা পুন্নমক থুংগনি হায়না মপুক্তা খনদুনা লেপচবা অমস্থং বিরজিৎতা লৈগে হায়দুনা মপুক্লিং লেপ্পা। ঐহাক্কা তৌজগে নিংজবা থবক্তা মহাক্কা শোয়দনা মতেং পাংগনি, থবক মঙ্গোল ওইগনি পুন্সি মহৈ য়ানগনি নিংজদুনা ইপুকচেন লেপ্পা লৈরগে নিংজবা ( পুন্নমক অসি ইপুক্তা খঙদুনা লেপচবনি )

বিরজিৎনা—ইবুকচেন লেপচদুনা সাবিত্রিদা হায়রকই। ইবেম্মা সাবিত্রী ঐখোয় অনি লুহোংসি হায়বদু করি খনবগে ?

সাবিত্রিনা—তামো, ঐস্সু নিংজত্না লেপচরবনি। লুহোংসি ঐদি তানোগী লোইনবী ওইজরগনি। তামোগা ঐগদি পুকচেল অমত্তা হায়তনা লেপচবা কুইরবনি।

বিরজিৎনা—য়াম্না ফরে ইবেম্মা। ঐনা নিংজবা আশা থুংজবে। ঐগা নংগা পুকচেল খোইজেন ভিনৈ, লিংজেন মানৈ, থম্মোইস্সু অমত্তা খনজরম্বা আশা থুংজরে। ইবেম্মা সাবিত্রি।

সাবিত্রিনা—ঐস্সু অতুমক খনজত্না ইবুঙ্গা লেপচরবনি তামো শোয়দনা লুহোংসি তামো।

বিরজিৎনা—ঐস্সু ইবেম্মা হায়রুবদা রাজিরকনি খঙ্গে

সাবিত্রিনা—ঐমঙ্গা য়াজগে খনজরম্ব অতুমক থোক্লে রাম্না ফরে। তামো তামো কৈদোগে লুহোংথোক্লগা লোইরো।

বিরজিৎনা—লুংহোংবা হারবসিনা থাইদগী হেন্না কৈ ইবেম্মা সাবিত্রি।

সাবিত্রিনা—হোয়নে অফবত্তু তৌরগা লোইরে কৈদৌরুগদগেনে।

(রারেপ তাম্নরত্না বিরজিৎ অমস্তুং সাবিত্রি লুংহোংবগী রাশক লৌনরে। লুহোংবা মুমিং অমা লেপ্নরে। তাং ১৫/৬/৭০ নিংথৌকাবা মুমিং লেপলে)

## লুহোংবা মুমিং

বিরজিৎনা—বর ময়ামগা লৌইননা সাবিত্রিগী ময়ুদা লুহোংবা লাকপা, বিরজিৎকী ইমুং মঙ্গলনা বার্ত্তোন ফংবা মরুপ

মপাং খ্বাই ময়ামগী লোইননা সাবিত্রিখোয়দা লুহোংবা চৎপা ।

সাবিত্রিনা—পোৎলোই শেৎলহনা লুহোংনবা থৌরাং লোইরে। সাবিত্রিখোইগী ইমুং-মনুং অমদি লৈকাইগী বার্তোন ফংলবা অহন লমন পূন্নমক্কা লোইননা সাবিত্রিখোইগী শুমাংদা নিংথৌকবা হুমিৎকী হুংথিল পুং ভদা লুহোংলে ।

( লুহোংবা লোইরহনা কন্যা থিল্লকলে, বর কন্যা অনিমক লোইনা থুংলরে ভাবোক পূন্নমক লোইনা চৎখ্রে )

বিরজিৎনা—হুমিদাংগী চাকলেন চাবা লোইরহনা ফম্মুংদা চংখ্রে ।

সাবিত্রিনা—চাকলেন চাবা লোইরহনা চিন্তা পোৎলুম পুরহনা লৈরি ।

বিরজিৎনা—সাবিত্রি ঙসিদি ঐখোয় অনিগী পুন্সি লৈপুনগী থোই-দোক্পা হুংঙাইবা হুনিংনি ।

সাবিত্রিনা—তুমিন্না চিন্তা তৌহনা লৈবা ।

বিরজিৎনা—অনৌবা আশাগী ঈপাক্তা তাওরহনা সাবিত্রিদা হায়-রকই ইবেম্মা সাবিত্রি হুংঙাইবা হুমিৎ অসিদা চিন্তা পোৎলুম পুহনা তুমিন্না ফমহনা লৈরিবা করিগীনো ? ঙাইহাকসু মনোকসি, ঙাইহাকসু হুংঙাইমিনসি ।

সাবিত্রিনা—ইকাইহনা তৌবনি তামো ।

[ মখোয় অনি খোইরুম মোমোন নোক্নুনা হুংঙাইমিন্নবা পুন্সিগী অনৌবা আশাগী ময়োল চোংলকপা ।]

বিরজিৎনা—ইবেম্মা সাবিত্রি. ঙসিদগী হৌরত্থনা য়াইফ যুম্বালগী পুন্সিদা খোংদরকলবনিদো সাবিত্রি।

সাবিত্রিনা—তামো, মোমোন মে মোন নোক্রুনা পুন্সিগী য়াইফ-যুম্বালগী রাখল্দা ইরাকনরে।

[ মৈ মুৎপা ]

[নো ঙালে হুমিৎনা নোংপোক অতিয়া সকোইদা ঙাল্লকলে ম্না অহিংবা মাল্লবা হুমিৎকী মশেক্লা ঔবদা সাবিত্রিগী পুণিমা থাঙগী মপুং মরা ফারবা থাজগুল্লবা মাইথোংদো য়েংল য়েংলত্থনা বিরজিৎনা সাবিত্রিদা হায়রকই।]

ইবেম্মা সাবিত্রি, ঙসিদি চাক ঙগ্না চামিন্নসি তরা লুকোই থোংলুরো।

সাবিত্রিনা— তামো থোংজরুরগে।

বিরজিৎনা—ঐনা হল্লকপদা তরা লুকোই লোইরম্মু, ঙসিদি ঙম্থনা হল্লকনি। [কার তোংত্থনা হোসপিটালদা লেংখিবা]

সাবিত্রিনা—তরা লুকোই থোংবা লোইরে।

( মতম অসিদা বিরজিৎ চংলক্পা )

বিরজিৎনা—ইবেম্মা সাবিত্রি, তরা লুকোই থোংবা লোইরব্রা ?

সাবিত্রিনা—তামো, লোইজরে।

বিরজিৎনা—ইরুজরগা তরা লুকোই হামিন্নবা।

সাবিত্রিনা—বিরজিৎকা লোইননা তরা লুকোই হামিন্নরে।

বিরজিৎনা— হোসপিটালদা কার তোংত্থনা লেংথোকপ্রে।

সাবিত্রিনা—শঙ্গাইদা লৈহৌরে।

[মতম অসিদা সাবিত্রিগী মমান্নবা কয়ামুকসু লাকই। মখোয়না মোমোন মোমোন নোক্রুনা সাবিত্রিদা হংলকই। "ঙরাংদি

করম তৌবগে ?" মমান্নবনা হংদা খুম্বা ইকাইহনা সাবিত্রিনা হায়রকই—খুম্বা ইকাইজেদা ......... ।]

[মৈ মুংপ:]

[ বিনিদস্ত হোসপিটালদা ডাক্তর ওইনবা বিরজিৎনা হোৎনরে মূলক সাবিত্রিসু ডাক্তর ওইরে। বিরজিৎকা সাবিত্রিগা কার ..ইনা হোসপিটালদা। মুংতিগী কামিন্নরে অমসুং কুমিমৈ। ..থাই অনিনা শিনফমসু মাম্নরে। পুকচেল থোইজেনসু তিম্নরে লিংজেনসু মাম্নরে থবক পুম্নমক পাংথোকমিন্নরে। তৌরুবা থবক পুম্নমক মঙ্গোল ওইরে।]

বিরজিৎনা—ইজাতিবু থোইদোক্না মুংশিজে, ইজাতিগী সেবদা পুক্নিং চংই। ইজাতিগী সেবা তৌগে হায়না নিংই।

সাবিত্রিসু—ইজাতিবু থোইদোক হেনদোক্না মুংশি। ইজাতিগী দমক্তা থনহনা থবক তৌই জাতিগী সেবদা পুক্নিং য়াম্না চংই। ইজাতিবু চাওখৎলগা লোইরে হায়না থল্লি। ইজাতিগী য়াইফনবা, মীথোই মীহেন্নবা কম্না হোৎনৈ। ইজাতিগী মুম্বাল-কৈবাল ফগৎনবা থনবা তুপীনি।

বিরজিৎনা—তুমিৎ খুদিংগী ঐসু ইজাতিগী সেবা ফংজগে নিংজৈ।

সাবিত্রিসু—ইজাতিগী সেবদা পুক্নিং চংই। ঈশ্বরগী মফমদা জাতিগী সেবা তৌজগে নিংজৈ।

বিরজিৎ—ইজাতিগী অরা-অনাদগী কন্নবা হোৎনবা মীশকনি।

সাবিত্রি—ইজাতিগী অনা-অয়েক্কুগী কনবিবনা ঐগী তৌগদবা শিম্মানি থনবী তুপীনি। পুক্নিং চংবী তুপী অমনি।

বিরজিৎ—ডাক্তর ওইবদি ইজাতিগী কান্নবগীদমক্তনি।

সাবিত্রিনা—মীগী সেবা তৌবা ফংবমুক হুংঙাইবা অতোপ্পা অমা লৈতে সংসার অসিদা।

বিরজিৎনা—মীওইবনা তান্নরিবা অসিসু অসিতগীনি। ঐখোয়না মহে-মশিং তমদুনা মীগী সেবা তৌজগে, মীগী সেবা তৌবা ফংজগে হায়দুনা হোৎনজরিবনি।

সাবিত্রিনা—ত মোনা হোৎনবিদুনা মীগী সেবা তৌবা ফংজবমুক হুংঙাইজবা সংসার অসিদা অতোপ্পা অমা লৈতরে।

বিরজিংনা—মপান শারগা মহে য়ানবগুম হোৎপু হোৎনরবদি মহে শোয়দনা য়ানবনি। মসি মহোশাগী হৌনবীনি। মপা চুম্না হোৎনরবদা ফংদবা অমত্তা লৈতে সংসার অসিদা।

সাবিত্রিনা—ঐখোইনা মপা চুম্না হোৎনরুবনা ঐখোয়না মহে ফংজবনি

বিরজিৎনা—সংসার অসিদা মপা চুম্না হোৎনবা কনবা মীওইতনা সংসারদা অচৌবা মী ওইবা ঙমলিবনি।

সাবিত্রিনা—ঐখোয়না কম্না হোৎনরবদি ঐখোইসু অচৌবা মী শোয়দনা ওইবা ঙমগনি। তাইবংদা মিংচৎ লৈহৌরগা লোইরে। ঐখোইদি নোংমা নত্রগা নোংমা শিগ্রগদবনি। মিংচৎতি কৈদৌঙৈদসু শিররোইদবনি অমর ওইদুনা মী পূম্নমক্কা শোমদুনা লৈহৌরগদবনি।

বিরজিৎনা—মিংচৎমুক ফবা সংসার অসিদা অতোপ্পা অমা লৈতরে। সংসার অসি মিংচৎকীদমক্তা নোম্বনা

অয়াম্বনি। অত্তবু মপা চুমদবা অমদি হোৎনবা রাংপনা মিংচৎ থমনমবা ভুমদত্তনা শিখিবনা অয়াম্বনি নিংহন্ননা অখাং কন্না, অরা অনা থিদনা, মপা চুন্না নোম্নবদি শোয়দনা মিচৎ উবোং খিনবা ভুমগনি। মিংচৎতি মমল নাইদে। মিংচৎমুক ফবা অমা সংসার অসিদা লৈতরে।

সাবিত্রিনা—তামো, ঐদি মিংচৎ পামই। অতৈ অতোপ্পা অমা থক পাম্মুবা লৈজদে। ঐগী আশাসু মিংচৎ থমনম্বা অসনা। ঐগী পুনসিগী অরেপ্পা রাশকনি তামো।

বিরজিৎনা—ঐসু মিংচৎ পামই ইবেম্মা, সংসার অসিদা মিংচৎকী দমক্তা তৌরিবনি। ঐসু মিংচৎ পামত্তনা অরা অনা, নিংহন্নবা, তৌদনা থবক তৌজরিবনি। মীওইশিংগী কান্ননবগী দমক্তা থরাই ফাওবা থাগে খনলিবনি। ইজাতি অমদি দেশকী, চাওখৎনবা, য়াইফনবগী দমক্তা থরাই ফাওবা কৎথোককে লৈরবনি। ঐদি শোয়দনা শিখিগদবনি মিংচৎতি অদুম লৈহৌরগদবনি। মিংচৎতি শিবা নাইদে, মীওইবদি শিবা শোয়দ্রবনি।

সাবিত্রিনা—দেশগী, জাতিগী মীওইবা পুম্নমক্কীদমক্তা নোমজগে হিংজগে, সেবা তৌজগে থরাই ফাওবা কথোকচগে নিংজরিবান। ঐগী লন-থুম, পাঙ্গল, থৌনা, লিংজেন থবক অমসুং পুন্সি ফাওবা কথোকপা করিসু পাম্মুদে। থরাই ফাওবা কথোকপদা করিসু চিংনবা লৈতে।

বিরজিৎনা—পুন্সি অসিদা মিংচৎপু ফংহৌত্রবদি করিসু কান্নত্রে। লৈরম্মী হায়বগী কনানসু খংবিত্রে। শিরগা কাওখ্রে। শিবা হুমিত্তা লোইরে। মিংচৎতি অমরনি। শিবা লৈত্রবনি। মতম মফম পুম্নমক্তা হিংহনা লৈহৌর-গদবনি। মীনা মশক মুন্না খংবিরগদবনি। মীনা শোয়দনা শোন্নহৌরগদবনি। দেশগী থবক্তা থন্নাই ফাওবা শোয়দনা কখোকচগনি।

সাবিত্রিনা—মীওইবগী পুন্সিদি থবক্তা শাবনি। অফবা থবক তৌরগা অফবা মিংচৎ শোয়দনা লৈহৌরগদবনি। ফত্তবা থবক তৌরগা ফত্তবা মিংচৎ শোয়দনা লৈ-হৌরগদবনি। মিংচৎ মখল অনিসুই অমনা অফবা মিংচৎ, অমসুং অমনা ফত্তবা মিংচৎ।

বিরজিৎনা—ঐদি অফবা মিংচৎপুত্তনি। অফবা মিংচৎ থনমনগে হায়দুনা নিংজবা মতম য়াম্না কুইরবনি দেশগী চাও-খংনবা থবক্তা মাই ওনশিবা ওনথোক্না পামজত্রবনি। দেশবু চাওখৎপা থাক্তা পুরকনবা নোমজবনি। ঈশ্বরগী থুয়াদা মতম পুম্নমক্তা নিজরিবনি দেশ ফরগা লোইরে খনবা মীশকনি।

সাবিত্রিনা—দেশগীদমক্তা মথন্নাই ফাওবা থাবা ঙম্বা অহুবু অচৌবা মী কৌই। দেশগীদমক্তা পুন্সি লেনলিবা, হিংলিবা অমসুং শিরিবা অহুবু অথোইবা শহীদ কৌনৈ। দেশগীদমক্তা য়াইফনবা খনবিবা, দেশগীদমক্তা অচৌ

অচৌবা থবক তৌরিবা মীশক অহুবু অশেংবা অচৌবা মীশক কৌবনি।

বিরজিৎনা—দেশকীদমক্তা থব্লাই ফাওবা থাবা পামুদনা লান শোক্লহুনা শিরিবা অহুবু অশেংবা শহীদ কৌনৈ অচৌবা মীনা দেশগী অমদি ইজাতিগীদমক্তা থবক শুহুনা কাম্নবা তৌই, অমসুং হিংই, শিরবসু শি। তাইবং অসি অফবা থবক্কী মহৈ ফংনবা নোমগদবনি। মিং-চৎতি মরাইবা লাকচবনি।

সাবিত্রিনা—দেশ অমদি ইজাতিবু সুংশিবা হায়বা অসি দেশবাশী অমগী হোনবা লমচৎান। দেশনা চাওখৎলগা ঐখোইসু চাওখৎলি, দেশনা ফরগা ঐখোয়সু ফৈ। ঐখোয়না চাওখৎলগা, ফরগা দেশসু চাওখৎলি অমসুং ফৈ।

বিরজিৎনা—ইরৈবাক ইজাতিবু লুনা সেবা তৌজবনা, ঐনা সুংঙইজৈ। মসিগীদমক্তা হিংলিবনি।

সাবিত্রিনা—নাওই মপোক্তা দেশগী অমদি ইজাতিগী য়াইফনবা নোমবনা সুংঙাইবা পোকপা মীদি অফবা অচংবা গুণ চেনবা অচৌবা মীশকনি।

বিরজিৎনা—মীওইবনা অমগা অমগা সুংশিনবা, অমগা অমগা মতেং পাংনবা অসিনা ইজাতি অমদি দেশগী য়াই-ফবা ওই।

সাবিত্রিনা—দেশ চাওখৎনবা নোম্বদা অমগা অমগা মতেং পিনবা পুন্না থবক পাংথোকপনা দেশগী অমদি ইজাতিগী য়াইফা লম্বীদা থবক পাংথোকপা ঙমই।

বিরজিৎনা—চাওখৎকে হায়রবদি লৌশিং, থৌনা, পান্দল শেন, সঙ্গ অসিনচিংবা পুন্নমক লোইনা চংই। দেশগীদমক্তা থরাই হকচাং য়াওনা নোম্বা মীনা মিংচৎ উরোং খিনবা ঙমই। মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা থবক্তা মথরাই ফাওবা থাবা মীদি অশেংবা অচোবা মীশক্তি।

মৈ মুংপা

# অনিশুবা তাঙ্কক

( মতম অয়ুক অঙনবা )

[ মফম বিরজিৎকা লৈকোন ]

[বিরজিৎনা মহাকী লৈকোন্দা হরা চাহুনা লৈরিঙৈদা মহাকী মরুপ চৌরজিৎ লেংলক্তুনা হায়রকই গুড মোরনিং সার, বিরজিৎনা হায়রকই গুড মোরনিং সার।]

চৌরজিৎ—মরুপ করম করম পানবিরিবগে ?

বিরজিৎ -মরুপ, নুংঙাইজরি।

চৌরজিৎনা—মরুপ, নুমিদাংরাইরমদা অন্থুম লেংথোকউসি।

বিরজিৎনা—ফনি মরুপ।

## সুমিদাং রাইরম

[ বিবজিৎ অমসুং চৌরজিৎনা হৈরাং-লৈবাংনা থল্লবা, ফজবা থিবিক্লা থল্লবা অল্লাৎ অপা অমত্তা লৈত্রবা লৈকোন অমদা য়োরকলে। লৈকোন আসদা মথোক ক.রকইবী যুবতী অমনা ফজ ফজরবী লৈবাং খন থন্দুনা হৈ-লৈ হেকাল। লৈ অচু হেকলিডৈদা বিরজিৎ অমসুং চৌরজিৎনা চংলকলম্মী। ]

চৌবজিৎনা—লৈকোন্দা লৈরাংলিবা ইবেম্মা নংবু ফুংশিদা। ফুংশিরুবনা হাল্লুরে, কবম হায়না হায়সিংগনে শিংজেন নংবো।

[ যুবতী অসিগী মমিং সুমিত্রা কৌই। ]

সুমিত্রনা—তামো, লৈবাংলিডৈদা লেংলকইবা চান্না মীনোক নোকইবা নংবু ঐনা খোইদাজে।

চৌবজিংনা—চান্নবী নংবু ঐনা খোইদাজে।

সুমিত্রনা—ফুংশিরুবনা হাল্লুবে, থম্মোযগা থম্মোয়গা তিম্নরে, মিৎকা মিৎকা চান্নরুরে, ফুংশি ইহন হুনখরে।

চৌরজিৎনা—লৈবাংনা লৈকা ফম্না শাৎপগুম, ফুংশিবগী শক্তম ওইবিবা, লৈবাংগুম্না শাৎলিবা ইবেম্মা নংবু ঐনা খোইদজে, পুক্লিংনা মংবু খোইদাজে।

সুমিত্রনা—তামো, ঐগী থম্মোহগী মনি পুক্লিংদা ফু'শিবগী শক্তম অমা ওইনা তমোগী মমি তাপ্রে। পুক্লি.গী মনি পাইরক্লো থম্মোয লৈকোন্দা। ফুংশি নপাও তত্ৰবো পুক্লিংগী

আশা ওইররো। সুন্দাগী লমজিং মৈরা ওইররো। সুংশি লমদম তান্না সুংশি চিঠি থারককে রারেংসুকো তামো।

চৌরজিৎনা—সুংশিবী নংগী চেংলোনা ঐগী থম্মোয় লকাসুংদা ভাল্লরো পুক্লিংগী অমম্বা পূন্নমক কোক্লরে সুংশি মঙাল ফাওররে, পুক্লিং মকা কল্লা শাৎকাইরে, অনৌবা আশাগী ময়োল চোংলরে। সুংশি লমদমদা খোইদরে।

[ সুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া তম্না পাইথখরে, পোম্বী চেক্লনা মকোম্বা পোথাখরে, মলংবনা রি রি খোংদোইক্লে। সুমিত্রনা মযুমরোমদা চৎখরে। লৈকোম্দা সুমিত্রনা ঈশৈ শকপা :—]

## ঈশৈ

সুংশি চেংলৌ উবদা
পাইমাসুংদা খোইদজৈ
চান্ন মিনোক নোক্তুনা
মিৎকা মিৎকা চাননবা
থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নবা
পুকচেন খোইজেন তিন্নথিবা
পুক্লিংগী মঙাল ওইরিবা
লমজিং মৈরা ওইরিদো
সুংশি লিচিংতনা॥

[ চৌরজিৎনা ঈশৈ অমা শকপা। ]

ঈশৈ

চান্নবী নংবু উরুবদা
পুক্লিংনা নংবু থোইদক্তে
সুংশি চেংলৌ উরুবদা
পুন্নিংনা থোইনা হেন্না হরাওক্তে
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো
সুংশি চেংলৌ উবদা

সুমিত্রনা—মহাক্কী মতারোংহশি গা লোয়ননা টোটিদা ঈশিং শোক-পা থোরকপদা চৌরজিৎকা উনবা।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র করম কবম পাল্লিবগে? হৌজিক কাল অসিদা।

সুমিত্রা—ঐখোয়না করমনবু পাওথুম পিরসিগেনে, মাগী তামো।

চৌরজিৎনা—সুংশিবীগী পাওথুম তানিংহনা হংজবনি য়ারোংসুকো, ইবেম্মা।

সুমিত্রনা—করিগী য়াবৌরুদগে?

চৌরজিৎনা—সুংশিহনা ইবেম্মদা হংবনি।

সুমিত্রনা—ঐসু সুংশিবগী হংবনি নিংজৈ, মাগী তামো।

চৌরজিৎ—চানবীহনা সুংশিবগী চিঠি অমতং লৌশিনবিয়ুকো।

সুমিত্রনা—য়াম্না ফগনি, ঐগী লাইবক ফবনি, সুংশিবগী চিঠি ফংজবা।

চৌরজিৎনা—সুজাগী সুংশি চিঠি অমতং থুনা ফংহনবিয়ুকো।

সুমিত্রনা—ফগনি মাগী তামো ঐসু থাজৈ, ঐনা নিংজরম্বা য়াম্না কুইজরে। তাজা য়াম্না চারে, চিঠি অসি লৌবিয়ুকো।

চৌরজিৎনা — চিঠি লৌরদুনা, য়াম্না নুংঙাইজরে।

সুমিত্রনা — মাগী তামো চিঠিগী পাওথুম থুনা হনবিরকউবো নুংশিবা

চৌরজিংনা—য়াম্না ফগনি নুংশিবী।

সুমিত্রনা — নুংশিবগী চেংলৌ উবমুক নুংঙাইবা অতোপ্পা অমা লৈতবে। নুংশিবগী চিঠি ফংজবা য়াম্না নুংঙাইজরে।

চৌরজিংনা — পূর্নসিগী লোইনবী ওইজগে হায়দুনা তৌজবনি, অহুবু ইবেম্মনা করি খল্লিবা।

সুমিত্রনা — ঐনা নিংজবসু অদুতনি।

চৌরজিংনা—অদুদি যাম্না ফবা রানি।

সুমিত্রনা—মাগী তামোগী পুক্নিংবু লেপলবরনে।

চৌরজিৎনা — হোয়, পুক্নিংগী তরেপ্পা রানি।

সুমিত্রনা—মাগী তামোগী অতোপ্পা কনাগুম্বী থরাইনা পামজবী, নুংশিবী অমা লৈতরনে ঐঙোন্দা নুংশি হায়রিসিবু চুম্বনে? ঐবু হয়েং নমুং লেল্লগা কাওথোকপিরোইদরনে। ঐদি য়াম্না কিজেনে তামো নুংশিবগী লৌনম ওইরমগদ্রা হায়না।

চৌরজিংনা—ইবেম্মতবু নুংশিদুনা তৌবনি করিগী নুংশি লৌনম ওইগদগে ইবেম্মা। ঐনা হায়রিবা অসি অচুম্বমক্তনি।

সুমিত্রনা — মাগী তামোনা হায়রিবা অত্তমক্তা অচুম্বমক ওইরবদি, ঐদি য়াম্না হরাওজেনে।

চৌরজিৎনা—ঐনা ইবেম্মাগী মুংঙাইনবা হোৎনগনি।

সুমিত্রনা—ঐনা মাগী তামোগীসু মুংঙাইনবা হোৎনগনি।

চৌরজিৎনা—চুম্নতা ইবেম্মাবু মুংশিন্থনা ঐগী লোইনবী ওইনিংথনা তৌবনি।

সুমিত্রনা—চুম্না মাগী তামোবু মুংশিন্থনা সেবা তৌনিংথনা তৌজবনি।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মগী নিংবা থুংজবা, চান্নবা মুংশিনবা কনাগুম্বা অতোপ্পা অমা লৈরো খংজনিংই।

সুমিত্রনা—থোইদোপা অতোপ্পা অমা লৈজদে মাগী তামো নত্তনা।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মনা হায়রিবা অসিনা অচুম্বমক ওইরবদি য়াম্না ফরে।

সুমিত্রনা—ঐদি মাগী তামোগীদমক্তা লেপ্লবনি।

চৌরজিৎনা—ঐসু ইবেম্মগীদমক্তা লেপ্লবনি।

সুমিত্রনা—ঐনা মাগী তামোনা হায়বা পুম্নমক ইনজগনি।

চৌরজিৎনা—ঐসু ইবেম্মনা হায়বা পুম্নমক ইনজগনি।

সুমিত্রনা—ঐগী থরাইনা খোইদজে।

চৌরজিৎনা—ঐগী পুক্লিংদা খোইদজে।

সুমিত্রনা—ঐগী পুক্লিংগা মাগী তামোগী পুক্লিংগা ওনথোক্লা মান্নজে, লিংজেন মান্নবা পুকচেন খোইজেন তিন্নবা হায়বথুমক থোকলে।

চৌরজিৎনা—ওনথোক্লা পুকচেন, খোইজেন তিন্নবা, লিংজেন মান্নবা হায়বথুমক থোক্লে। ঐনা ইবেম্মদা লুহোংসি

হায়বা অসি অয়েপ্পা য়ারেপনি, ইবেম্মা। ইবেম্মনা
করি খল্লিবগে? খংজনিংই।

সুমিত্রিনা—ঐনা হরাওনা থয়াই-হকচাং য়াওনা য়াইজে মাগী তামো।

চৌরাজং—অদুদি য়াম্না ফরে।

## ঈশৈ

সুমিত্রনা—চাম্ন মীনোক নোকমিন্নবা
নুংশি য়ারী শামিন্নবা
থম্মোয়না থম্মোয়বু নুংশিবা
য়াহৈনা য়াহৈবু নুংশিহনবা
পুক্লিংগা পুক্লিংগা তিন্নবা
পুকচেন অমত্তা ওইহনবা।
পুক্লিংনা নংবু খোয়দজে
থম্মোয় মনি নংবুত্তা
নিংজতুনা লৈরিবনি
মতম মফম পুম্নমক্তা
থরাইনা নুংশিবা অদুতবু
পামজনবা পুন্সিগী লমজিং
মৈরা ওইরিবা তাইবংদা।।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র, লৈবাকী চাওখৎনবা, ইবানি পুন্না
সেবা তৌসি লৈবাকী য়াইফনবা হোৎনসি, পুন্সিগী
নুংঙাইবা লম্বীদা চংমিন্নসি ইবেম্মা।

সুমিত্রনা—পুন্সিগী মুংঙাইবদি পুম্না লৈমিন্নরগা, চামিন্নরগা, সেব তৌমিন্নরগা ওইবা ঙাক্তনি। তাইবং অসি মপুম্না সংসারনি, মংাদা মুংঙাইবনি। ময়াদা তাওহনা লৈবা মীওইবনি।

চৌরজিৎনা—ঐখোয়গী মুংঙাইনবা থবক পুম্না পায়খৎমিন্নসি, পুন্সিগী থবক পুম্নমক পাংথোকমিনসি ইবেম্মা সুমিত্র।

সুমিত্রনা—মাগী তামোগী মাখন্দা ইরাক্লরে মতম মফম পুম্নমক্তা লমজিংবিয়ুকো।

চৌরজিৎনা—ঐগী মাথন্দা তাওরবা ইবেম্মবু করিগী লমজিংদনি, ঐ লৈরিঙৈদা পুম্না লৈমিন্নরগা মরাইনা কোক-চথিগনি, ইবেম্মা। ইবেম্মনা মারিবা পুম্নমকসে ইবানি পুম্না লৈমিন্নরগা শোয়দনা কোকচগনি। করিগী মারুগদগে?

সুমিত্রনা—তামা তোঙান ভোঙান লৈহনা মারিবনি, মাথল মতম পুম্নমক্তা তোঙানবদগী মাবা ওইরিবনি। পুনশিন্নগা মরানা ফজখিনি। মাগী তামো উমন্ত্রগা অন্নাবা মৈচাক মুংঙাইতবা, মুংশি মাখনদা চাকপা থোকইবনি, মাগী তামো।

চৌরজিৎনা—পুন্নপ লৈমিন্নসি ইবেম্মা অন্না, অনা, মুংশি-মৈচাক কোক্লবা চামিন থকমিন্নহনা লৈমিনরগা শোয়দনা কোক্কনি। উনিংববু ইনাক্তা লৈরবদি উনদবগী অন্নাবা অহু শোয়দনা কোক্কনি। মুংশি মৈচাক্না চাকপহু

হুংশিবগা লৈমিন্নছুনা হুংশি ৱারী লিৱগা শোয়দনা কোকনি তাইবংদা।

সুমিত্রনা— তাইবংবু লমজিংবদি হুংশিবনি, হুংশিববু কংজরবদি অরা অনা, হুংশি মৈচাক কোক্লে, পুক্লিং শান্তি ফংলে, মাগী তামো।

## ইশৈ

চৌরজিৎ— হুংশি ৱারী লীজগে
হুংশি মৈচাক কোক্লবা,
পাম্মু কাদা থুংজগে
পাম্মু মৈচাক কোক্লবা,
পাম্মু নাক্তা লৈজগে
উনদবগী মৈচাক কোক্লবা,

হুমিৎ থানা ঙানবগুম
নোংমদোন অত্তিয়া, মকোইদা
হুংশি মৈরানা পাম্মু পুক্লিংগী অমমবা
কোক্লজগে পুন্সিগী হিদেন্দা।

সুমিত্রা— মতমগী হুংশিবা নহাকপু
উবদা পুক্লিংনা খোইদজৈ
উনদবগী মৈচাকসু উনরগা
কোকইদো, হুংশি ৱারী

শাদবগী মৈচাকসু হুংশি
রারী শারগা কোকইদো
পাম্মু কাদা থুংজগে
হুংশি নাক্তা লৈজগে।

চৌরজিংনা—ইবেম্মা সুমিত্র ঐখোইগী লুহোংবা অসি হুমিৎ অফবা অমদা তৌনবা থম্লসি।

সুমিত্রনা—ফরে তামো অফবা হুমিৎ থা য়েংহুনা লুহোংসি তামো।

চৌরজিং—য়াম্না ফরে শোয়দনা লুহোংলসি য়ুমশকৈশ হুমিৎ অসি ওস্থোক্লা কৈ পুং পি. এম. অনি তাবা মতমদা

সুমিত্রনা—ফরে তামে ঈশ্বরনা থৌজানবিহুনা পাংথোক্লসি শোয়দনা।

চৌরজিংনা—থাইনা শোয়দনা শিনবিগনি ইবানিগী লুহোংবা অসি।

সুমিত্রনা—থাইনা চানবিবা হায়বসিসু ওস্থোক্লা ফগ্রবা পোৎনি।

(কাইনবা মতাং)

সুমিত্রনা—নাহুনা নোংম নোংমগী অসুম অসুম মশা ফৎলকতরে। নিংথিজবী কুচু-কুমেন পুন্নমক লোইনা মাংখ্রে। সুমিত্রনা মহাক্কী অনাবা ফগনি হায়বা থাজরকত্রে। মহাক্কী পুন্সি অসি অরেম্বদা মাংখ্রগনি হায়হুনা রাশিল্লক্লে।

চৌরজিংনা—সুমিত্র উনদবগী অরাবা নোংম নোংমগী অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। উদি উননিং, চংবদি শুমজদা, চৌরজিংকী অরাবা মৈচাক নোংম নোংমগী অসুম অসুম হেনগৎলক্লে।

সুমিত্রনা—চৌরজিং উনদগী হুংঙাইজবনে, অনাবগী মৈচাক্লে অনি অসিনা হেনজিল্লক্কুনা ফরকনি হায়বগী আশা থাদোক্লে।

করম্বা তুমিং থাদা নাবা ফরক্কদগে ? নাবা করক্কনিবু হায়রবদি শেল তিংবগী পাম্মুবা লৈতরে।

সুমিত্রগী—মপা-মমানা ডাক্তর কৌহুনা লাইয়েংবদা ডাক্তর অমত্তনা করক্কনি হায়দ্রে।

ডাক্তর রাজেন—সুমিত্রবু যেংবা লাকপা.

ডাক্তর রাজেন্না চংলকপদা সুমিত্রগী মপা মমানা হায়রকই, ইবুংঙো ডাক্তর বাবু ঐগী ইচান্নুপী সুমিত্র অসিগী লাইনা অসি করি লাইনা ওইববনো, মুন্না য়েংবিয়ু, ফগ্না খর হোৎনবিয়ুকো ডাক্তর বাবু।

ডাক্তর রাজেন্না—অমুক্তা য়েংজখিগে ?

মপা-মমানা—খর মুন্না ডাক্তর য়েংবিয়ু। ডাক্তর মহাক্কী লাইনা অসি heart attack কৌই য়েংবা ঙম্লরোই।

মপা-মমানা—ডাক্তর বিরজিৎ কৌহুনা য়েংবদসু heart attack নি ফবা ঙম্লরোই।

মপা-মমানা—ডাক্তর তোম্বী দেবী কৌহুনা য়েংবদসু heart attack নি ফবা ঙম্লরোই।

মপা-মমানা—ডাক্তরসাবিত্রি কৌহুনা য়েংবদসু heart attack নি ফবা ঙমলরোই।

অমুম্না ডাক্তর পুন্নমক লোইনা কৌহুনা লাইয়েংবদা ফবা ঙম্লরোই heart attack নি হায়হুনা লৈরবা মত্তম অসিদা য়াম্না রানরে।

(য়াম্না থুনা সুমিত্রগী পুনসি লোইশিনখ্রে। মপা-মমানা অরাবগী ইপাক্তা তাওহুনা লৈরে। মচা লৈতবগী অরাবা মৈচাক্কা

অঙাওবগুম তৌহ্লনা লৈরে। ইকুই কুইদনা ইনা নাদনা লৈখিদবা অসিদা মপা মমাগী থম্মোই শোকখ্রে।

সুমিত্রগী শোরাৎ লোইখ্রে। সুমিত্রগী মপা মমানা ঙাওহ্লনা কোইনা চৎলে. মচাসু সুমিত্রদা পোকচবনি, অমত্তা পোকচবী মপা মমাগী সুমিৎ থা ওইনা য়েংহ্লনা লৈজবা মমোম লৈখিদবদা ঙাওহ্লনা লৈরে। ইথং থংহৌদনা মাংখিবা মমোমগী ব্রাখলদা তাওহ্লনা লৈরে)

(সুমিত্রগী মপাগী মমিং মাধব কৌই। মমাগী মমিংনা মাধবীলাতা কৌই)

মাধবনা—ইচা সুমিত্র মাংলে মাংলে শিংউ শিংউ য়ারোইদবনি হা কদাইদা চৎলগা ফংগনি। কনানা শিংগনি, কনানা হাৎপনো কনানা হাৎপনো, করিগী হাৎপনা ইচা পিয়ু ইচা পিয়ু মীহাৎপা মীহাৎপা।

উনবা মী খুদিংদা মী হাৎপা ইচা পিয়ু, মীহাৎপা ইচা পিয়ু য়ারোইদবনি, করিগী হাৎপনো, করিগীনো? ইচা হাৎলিবা।

উনবা মীনা—মচা লৈখিদবদা ঙাওরে ঙাওরে মাধব হায়নৈ।

মাধবী লাতানা উনবা মী খুদিংদা ইচা লৈতরে ইচা মাংখ্রে। ইচা পিয়ু, ইচা পিয়ু নখোয়না হাৎপনি নখোয়না হাৎপনি, মীহাৎপা করিগী ইচা হাৎপনো, ইচা শিংউ, য়ারোইদবনি।

উনবা মী খুদিংনা মাধবীলাতা ঙাওরে মচা লৈখিদবদা হায়নৈ।

[illegible] গুনি দ হ'য়ত্নু. উনবা মী খুদিংনা অঙাওবা অঙাওবী হাযত্নুনা নোকনৈ।

মাধব অমসুং মাধবী লাতানা মচা শিংদবা য়ারোদবনি হায়ত্নুনা কপ্লুনা লাওত্নুনা লৈরকপা মতম কুইরে। মীহাৎপা ইচা শিংউ মীহাৎপা ইচা শিংউ হায়ত্নুনা কপ্পা দাবী তাপ্লকলে। মপা-মমাগী দাবীনা চানি থকনি থংদনা ঙাওত্নুনা পুন্সি লেপ্লবদা ঈশ্বরনা খাংবা ঙমত্রত্নুনা মচা সুমিত্রবু লৈশাবী অমগী শাইওন ওইনা ওনহনত্নুনা থারকলে। ঈশ্বরনা মখোয়গী মচা সুংশিবা, মচাগী মৈচাক্লা চাকপত্নু খাংবা ঙমদ্রত্নুনা মচা সুমিত্রবু শাওন ওনহনত্নুনা মমিৎনা শংশং উহনবা ঙমলবদা, মপা মমা অনিমক্কা ইচা লাক্লে, ইচা লাক্লে, নহানমখৈ ইচাগী চেংলৌ উদবদা ওনথোক্লা সুংঙাইখিত্রে হায়ত্নুনা হায়রকই, ইচা সুমিত্র নংহাক কদাইদা চৎলুই নহান মখৈ, ঐখোয় হুন্দোকলমত্নুনা সুমিত্রদা হম্না হম্না হায়রকই।

ঈশ্বরগী ময়ানা তৌবা ঙম্বা শক্তি অঙকপনি জীববু মাংহনবসু মহাকনি পোকহনবিসু মহাক্লি। ঈশ্বরনা ঙমদবা অমত্তা লৈতে। ঈশ্বরনা সুমিত্রবু অমুক হম্না হিংহনত্নুনা মপা-মমাগী মনাক্তা য়োৗহনবা ঙমই। মীওইবনা শ্রাদ্ধ লৈনা পুক্লিং শেংনা ঈশ্বরগী মকমদা নিজরবদা মখোয়গী মচা দুপী সুমিত্র অমুক হন্না থরাই পিত্নুনা হিংহনবা ফাওবা ঙমই। মবুংঙোনা পেনলত্নুনা মহাকপু শাইওন ওনহবা ফাওবসু ঙমই। ঈশ্বরনা পিনবিবা মচানি থনত্নুনা মাধব অমসুং মাধবী লাতানা ঙাওবা ফত্নুনা মীরোল লোনত্নুনা জ্ঞান তানা লৈরে। মীওইবনা মহাক্কী মতৌ অত্নু উবদা ইঙক ঙকলে।

ঈশ্বর—ঐনা নংগী নচাবু অমুক হমা হিংহনবিবনি, ঐবু কমা নিংউ।

মমা-মপানা—ইবুংঙোগী থৌজাম্না ঐগী ইচা নুপী হিংহনবিবনি ইবুংঙোনা হায়বদা তৌজগনি।

ঈশ্বরনা—থরাইপিবস্নু ঐহাকনি, থরাই লৌবস্নু ঐহাকনি, ঐহাক্না তৌগে নিংলবদা ভমদবা অমত্তা লৈতে।

মমা-মপানা—ইবুংঙোগী মঙাম্না তাইবং অসি হিংলিবনি, ইবুংঙোগী মঙান লৈতবা তুমিত্তা তাইবং অসিদা লৈররোইদবনি।

ঈশ্বরনা—ইবুংঙো ইবেম্মা শেমবস্নু ঐনি, ইবুংঙো ইবেম্মা মাংহনবস্নু ঐনি।

মমা-মপানা—তাইবং মপুংনা তৌগে নিংবদা তৌবা ভম্বা মপুনি, মপুগী সেবানা অরুবনি। মপুনা পেন্নগা লোইরে হায়হুনা মপুগী সেবা তৌরে।

ঈশ্বর—ঈশ্বরগী মনন্দির অমা শাহুনা ঈশ্বর মশামক্না মমংদা তাক্লমবা মুর্ত্তি অহুমক শাহুনা ইন্নাৎ পূজা তৌবা হৌরে। জীববু অন্নাবদগী কনবা ইবুংঙোন। ঈশ্বরগী মমিংনা তাইবংপানগী মপু জীববু হিংহনবা ভম্বা মবুংঙো হায়না থোল্লে।

মপা-মমানা—থরাই শোক্না মচাবু হিংনবগীদমক্তা হোৎনখিবা অহু উবদা মী পুন্নমক্না ভল্লখি। মী পুন্নমক্না মচা-শিখিবা অহু অমুক হমা হিংলকলে হায়বা তাবদা অঙকপা অমা ওইনা তৌখি।

ঈশ্বরনা—ঐবু নিংজবা মীদা মখোইনা মিংজবা অতুমক ঐনা পিবি। ঐবু মিংদবা মীদা মখোয়না নিংজবসু ঐনা থক পিদে, সংসার অসি ঐগী ময়াগী সংসারনি।

মমা-মপানা—মমা-মপা পুম্না ঈশ্বরদা নিজবা হায়বা অসিগী ফলদি অঙকপনি। শিগ্রবা থয়াইবু অমুক হন্না হিংহনহনা মীওইনা শাইওন তৌহনবা ওম্বা ঈশ্বর মন্নাকনি। ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুন শিংথাহনা লোইবা নত্তে। মমা-মপানা ঈশ্বরদা নিজবা য়াৎপনা কংদবা ঙাক্তা ওইরমলে। অসুম্না মখোইনা নিংনৈ। ঐখোয়না ইবুংঙোগী মতিক মগুন শোম্নরি। ঐখোয়না তৌজবা পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্না মহৈ পিরি, থক মাংহনবা তৌদে, নোমজবা, নিংজবা, হায়জবা পুজা কচচবা পুম্নমক অসিগী ফল অমমম ঈশ্বরনা পিবি, থম্মোই শেংবা পুক্নিং অনি লোৎদনা হোৎজন্নবদা শোয়দনা মহৈ য়াম্নি।

ঈশ্বরনা—ঐনা জীব পুম্নমকপু শেম্বী, তাইবংগী লেংলি পাম্নিবা জীব পুম্নমক ঐনা শেম্বিবনি।

চৌরজিৎনা—সুমিত্র হিংলক্লে তারবদা ওনথোক্লা ঙকলে। উননিংবনা খোইরাংলে। কুইনা মাংরুরবা মনি অমা ফংবগুম ওনথোক্লা হরাওরে।

সুমিত্রনা—চৌরজিৎপু মতম থর কাওরুরে। অহবু অমুক হন্না নিংশিংলক্নুনা চৌরজিৎপু কুংশিররে।

চৌরজিৎনা—সুমিত্রগী লৈকোনদা চংলক্লে। চৌরজিৎনা ইকাই-
রবদুনা লৈকোনদা লৈরিঙৈদা সুমিত্রসু চংলক্লে।
অমুক হন্না উনবা ফংজবদা ওনথোক্লা হুংঙাইবা ওইরে।

সুমিত্রনা—তামো নহান মথৈ ঐদি কাওরুরে, কুইত্রি তামোবু
নিংশিংলকপা।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র ঐদি ইবেম্মবু কাওদে। ইবেম্মা
উনদবগী হুংঙাইতবনা লৈফম চাফম খংদনা লৈরুরে।
ঈশ্বরগী মফমদা নিংজবা থুংজগে হায়দুনা কোটি
প্রার্থনা তৌদুনা হুংতিগী খুরুমজদুনা লৈরিবনি।

সুমিত্রনা—নিংবনবু কল্লবদি থোক্লবা অমা হেক্তা লাকপনিদা
তামো, ঐসু তামোবুতা নিংদুনা লৈরিবনি তামোবু
নিংবনা ঐগী লাইনিং ওইরিবনি। অৱা-অনা কয়া
খাংদুনা লৈরিবনি।

চৌরজিৎনা—ঐদি ইবেম্মবু ফংলরোই নিংলমই, ইবেম্মা তাইবং
বিদাই লৌথ্রে হায়বসু তাই। চুমব্রা? ইবেম্মা।

সুমিত্রনা—চুমই, ঐদি তাইবং বিদাই লৌদুনা লৈরুরে। ঐগী
ইমা-ইপানা অমদি ঐনা নংনা নিংজবা কনমনদুনা
অমুক হন্না মীওইনা ঈশ্বরনা শাওন ওনহনদুনা তাই-
বংদ অমুক হল্লকইবনে তামো। তামোগী সেবা
ফংউ হায়না ঈশ্বরনা হিংহনবিরকলবনি।

চৌরজিৎনা—য়াম্না ফরে ইবেম্মা। ঐখোয়না নিংজবনা হেনমন-
দুনা ঈশ্বরনা ঐখোইগী অৱাবা কোকহনগে হায়দুনা
শাইওন ওনহনবনি।

সুমিত্রনা—ঐখোইদি ঈশ্বরগী সেবা তৌজবনি। ইবুংঙো মহাকী সেবাগীদমক্তা হিংবনি। তাইবং অসি ইবুংঙোগী দমক্তা পুনসি লেনলিবনি।

চৌরজিৎনা— ইবেম্মা য়াম্না ফরে ঐখোই অনি পুন্না ঈশ্বরগী সেবা তৌসি। ঈশ্বরগীদমক্তা হিংসি

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র, ঐখোয় অনি লুহোংনবা সুমিৎ অমা লেপলসি হায়রবু করি হায়গে?

সুমিত্রনা—তামো ফৈ, সুমিৎ অমা লেপপিরো।

চৌরজিৎনা—১০ নি পানবা য়ুমশকৈশ সুমিৎকী পুং ২ পি, এম তাবা মতমদা লুহোংসি।

সুমিত্রনা—দলিল অমমম পাইনসি।

চৌরজিৎনা—দলিল অমা সুমিত্রদা পিরে।

সুমিত্রনা—দলিল অমা চৌরজিৎতা পিরে।

চৌরজিৎনা—দলিল অসিনা ঐখোইগী ব্রারেপনি, ঐখোইনা ব্রারেপ অসি কৈদৌঙৈদসু হোংলরোই।

ঙসি চৌরজিৎ অমসুং সুমিত্রগী লুহোংবা সুমিৎনি। চৌরজিৎনা বর মরুপ মপাং ময়ামগা লোইননা ইবেম্মা সুমিত্র খোইগী য়ুমদা লাক্লে।

অহন লমন্না ব্রারেপ (দলিল) অসিগী মতুং ইন্না থৌরাং লাংলে। হৌজিক চৌরজিৎ সুমিত্রগা পুলপা ফমমিনরে। বরনা লৈ পরেং অমা কন্যাদা হুকলে।

(লুহোংবা লোইরে)

(মৈ য়ুৎপা)

বর—ময়ুমদা হনগে,

কন্যা—বরগী ময়ুমদা খিল্লক্লে। বর অমসুং কন্যা অনিনা চামিন থকমিনবা লোইরে। ভাইহাক সুংশি ৱারী শারে।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র, ঐখোইনা ঈশ্বরগী সেবাগী থমক্তা পুম্না লৈমিন্নরিবনিদো ঐখোই অনি চংতুনা ইবুংঙো মহাক্কী সেবা তৌসি হায়বগীদমক্তনিদো ইবেম্মা। ইবুংঙোগী কৃপানা ঐখোই অনিনা সেবা তৌজবা ঙমগদৌরিবনিদো।

সুমিত্রনা—ইবুংঙো মহাক্কী কৃপানা ঐখোইনা সুংঙাইগদৌরিবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী সেবা ঙমজবসু ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাননি।

চৌরজিৎ অমসুং সুমিত্র তুমখিবা।

মৈ মুৎপা

চৌরজিৎনা—নোংঙাল্লে, ইবেম্মা সুমিত্র, ঐখোইনা তৌগদবা থবক পাংথোকপা মতম ওইরে।

সুমিত্রনা—কমুংদগী হোৗগৎলগা ঈশৈ অমা শক্তুনা মথৌ তৌবা।

## ঈশৈ

হৈরাং লৈয়াংসু হায়না হুম্না
শাৎকাইরি ফুক্তিংকী মশেল্লা
হৈরাং লৈরাংগী লৈকাদা ৱৈথদা
হৈনম লৈনম্না ম্রিম্রি খোংদোইরি।

নাংনবা মলয়না হায়না হুমনা
লৈনা জগোই থেকলি
তাম্বা চানা পোম্বী চেল্লনা
মপুগী কোলোই শরুর্রি।
মপুগী মগুণবু সুংশিনা
লৈশি লৈথোল্লি।
থোইমু লাবা থাংজেংবা
লৈহি চুপকে হায়হুনা
কোইনা কোইনা পাইরি
লৈকা থুদিংদা তোংহুনা
পেম্না লৈহি চুপ্লি
লৈহি পাম্বা থোইমুনা
ভঙনা ভঙনা মপুগী
মগুণবু শক শোল্লি।

[চৌরজিৎনা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী থবক তৌরি। মহাক্কী ময়ুমস্তু হুই মোলানি, দলানগী মনাক্তা লৈকোন অমস্তু লৈ। কা থুদিংদা অঙকপনা থল্লবা ফজ ফজরবা পোৎশক কয়ানা লৈত্তেংলি, য়ুমগী মনাক্তা অফিস অমস্তু শাহুনা লৈ। অফিস অসিদা চৌরজিৎকী ইমুং মচুংগী থবক পুন্নমক পুবা কেরানী থরস্তু লৈরম্মী।

চৌরজিৎনা—কার তোংহুনা ইঞ্জিনিয়ার অফিসদা চুত্তিগী কাই।
[ চৌরজিৎনা অফিসতগী কাইন কয়া পুরক্লগস্তু ময়ুমগী অফিসদা চুত্তিগী কাই। ]

( চৌরজিৎনা মহাক্কী লোইনবী অন্তবু ইঞ্জিনিয়ার ওইনবা
হোৎনখি। )

সুমিত্রনা—চৌরজিৎনা হোৎনবদগী ইঞ্জিনিয়ার ওইরে। মহাক্না
ইঞ্জিনিয়ার ওইরহুনা সুতিগী চৌরজিৎ অমস্তুং সুমিত্রনা
কার ত্তোংহুনা অফিস কাই।

চৌরজিৎনা—ইরৈবাক্কী ১দি ইজাতিগী চাওখৎনবা হোৎনবদা থরাই
য়াম্না য়াওই। সুমিৎ খুদিংগী লৈবাক্কী রাথম্না অমদি
ইজাতিগী চাওখৎনবা হোৎনবদা পুনসি অসি কথোকপা
কাওবা পামই। পুনসিগী মথৌস্তু ইরৈবাক শেমগৎপনি।

সুমিত্রনা—মরৈবাক্কী থবক ত্তৌবদা থোইদোক্না হরাওজৈ।
ইঞ্জিনিয়ার ওইরবস্তু থক চাথোকক্তে। মথৌ মশক
থংনা পাংথোকক্লবা হোৎনবদা থরাই য়াওই। পুন্সি
অসি দেশগীদমক্তা থবক ত্তহুনা লেনগে হায়না থল্লি।
দেশগী থবক্তা থরাই য়াওবনা অসিগুম্বা ফম অসি
নাইবা ওমলিবনি। মজাতিবু সুংশিব, মজাতিগী থবক্তা
থরাই য়াওবা অসিনা চাওখৎপা ওমলিবনি।

চৌরজিৎনা—দেশগী শেমগৎ শাগৎপদা থরাই য়াওনা হোৎনবনা
অসিগুম্বা ফম অসি নাইবা ওমলিবনি। মরৈবাক
চাওখৎনবা থবক ত্তৌবদা শিবা কিদবা মথরাই
পাম্মুদবা মীশক অমনি। মরৈবাক অমদি মজাতিবু
চাওখৎপা থাক্তা পুরক্নবগী থবক্তা থরাই য়াওবা
মীশক অমা ওইবনা চাওখৎপা খুবম ফংবা ওমলিবনি।

সুমিত্রস্থ—দেশ প্রেম অমদি মজাতিবু সুংশিবা অসিনা মজাতিগী থবক পায়বা ওমলিবনি।

চৌরজিৎনা—ইবেম্মা সুমিত্র, ঐখোয় অনিনা ইরৈবক অমদি ইজাতিবু য়াইফনবা হোৎনবনা পুন্সিগীথবক ওইরিবনি। ইরৈবাক শেমগৎপনা ইথৌদাং ওইরবা মীশক ওাক্তনি।

সুমিত্রনা—দেশবু শেমগৎপনা ঐখোয় অনিগী ইথৌদাংনি।

চৌরজিৎনা—ঐখোয়না দেশ অমদি ইজাতিবু সুংশিনা, ঐখোয়গী য়াইফনবা থনবা, থবক তৌবা, মখোয়ত্তবু সুংওাইহনবনা ঐখোয় অনিগী থবকনি। ঐখোয় অনিনা থবক শুহ্না দেশ অমদি জাতিগী কাম্নবা, য়াইকবা, চাওখৎপা ওইরবস্থ অসিগুম্বা থবক শুবনা ঐখোই অনিগী থবক ওইরিবনি।

মৈ মুৎপা

## অহুমশুবা তাঙ্কক

### [ মীওইবা সমাজ ]

[ চাওখৎপা সমাজ শেম্নবগী থবক্তা মাই ওনশিনবা বিরজিৎ অমসুং চৌরজিৎ, মখোয়গী লোয়নবী, চাওখৎপা সমাজ শেম্বনা মথৌদাং ওইরবা, জাতিগী য়াইফনবা হোৎনবনা মথৌ ওইরবা মীশক ওাক্তনি।]

বিরজিৎ—ঐনা সমাজ শেমগৎপনা ঐগী ইথৌদাংনি।

চৌরজিৎ—ঐসু সমাজগী য়াইফনবা, চাওখৎনবা থবক্তা ঐগী ইথৌদাংনি

বিরজিৎনা—চাওখৎপা সমাজ অমা শেম্বদা ঐখোয়গী থৌদাং ওইরিবনি। সমাজ চাওখৎলগা ঐখোয়সু চাওখৎকনি, সমাজ শেমগৎপনা দেশকী মীপুম খুদিংগী থৌদাংনি।

চৌরজিৎনা—সমাজ শেমগৎপসু ইরৈবাক শেমগৎপনি। সমাজ অমসুং ইরৈবাক চাওখৎলগা ঐখোয়না চাওখৎপা থুবম ফংবা ঙমগনি। চাওখৎপা থুদম ফংনবগীদমক্তা সমাজ অমসুং ইরৈবাক শেমগৎফম থোকই। সমাজগী অমদি ইরৈবাক্কী থবক্তি সমাজ অসিদা তিললিবা মীশক্তা থবক ওইনা পাংথোক্লগা ঙমগনি। ইরৈবাক শেমগৎপসু ইরৈবাক্তা লৈরিবা মীশক্তা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনরগা থবক ওইনা পাংথোক্লগা মপুং ফবা ঙমলিবনি।

বিরজিৎনা—ইরৈবাক চওখৎনবা থবক্তা দেশ-বাসি ইচিন-ইনাও, ভদ্রলোক ভদ্রমহিলা পুম্নমক্তা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনফম থোকই। দেশ-বাশি পুম্নমক্তা চাওখৎলগা ইরৈবাক চাওখৎকনি। চাওখৎপা সমাজ হায়বসি সমাজ অহূদা তিল্লিবা মীশক্তা চাওখৎলগা চাওচৎপা সমাজ ওইবা ঙমলিবনি। চাওখৎপা স-াজ শেম্বনা

দেশ বাসিগী থৌদাংনি। থৌদাং অসি পাংথোকপনা
দেশ বাশিগী মরু ওইবা থৌদাং ওইরিবনি।

চৌরাজংনা—দেশগী চাওখৎনবা থবক্তা মীওইবা পুম্নমক্না থরাই ছুকচাং য়াওনা হোৎনফম থোকই। অমগা অমগা কো ওপারেসন দরকার ওই। অমগা অমগা মুংশিনবা মতেং পাংনবা ঐথোয়গী মরুওইবা ইথৌনি।

থিরজিংনা—দেশবু মুংশিবা, ইজ্জাতিবু মুংশিবতনা চাওখৎপা সমাজ শেমগৎমবগী মরুওইবা ইথৌনি।

দেশগী মীশক্না চাওখৎলগা দেশ চাওখৎলি, সমাজ অদুদা তিন্নিবা মীশক অদুনা ফরগা অফবা সমাজ অমা ওইবা ঙমলিবনি। সমাজগী থবক্তি সমাজ অদুদা তিন্নিবা মীশক্না মথৌ মশক খংনা পাংথোক্লগা চাওখৎপা সমাজ অমা শেম্বা ঙমগনি। দেশগী চাওখৎনবা নোম্বনা দেশ অদুগী অমদি দেশ-বাশিগী অথোইবা ইথৌদাংনি। ইথৌদাং পাংথোকপনা মরুওইবনি থুৎকা, চিনগা মাম্বনা থবক পাংথোকপনা দেশ অমদি জাতিগী য়াইফানবগী থবক্তা মপুং ফাবা ঙমলিবনি। দেশগী য়াইফনবা খনবা মানা দেশগী চাওখৎনবা থবক পাংথোকই। মীওইবা জাতিবু মুংশিবগী অথোইবা থুদমনি। মীওইবা জাতিগী য়াইনবগী হিরমদা থরাই ফাওবা থাবা ঙম্বা মীশক কয়ানা কম্না নোম্বনা মীওইবা জাতিগী চাওখৎপা

খুবম ফংবা ঙমলিবনি। ঐখোয়না চাওখৎলগা মী-ওইবা জাতি চাওখৎকনি। ঐখোয়না ফরগা অফবা সমাজ ওইগনি। মীওইবা ঐখোয়দা পুন্নমক লৈরবনি। ঐখোয়না ইথৌ মশক থংনা হিংলিঙৈদা পাংথোক্ল--মলগা শোয়দনা চাওখৎপা খুবম ফংবা ঙমগনি। সমাজ শেমগৎপদা অমগা অমগা মতেং পাংনবা, থৌনা পিবা থবক্লা থৌনা পিবা, অল্লা অনা খাংবা থল্লাই ফাওবা থাবা পাম্মুদবা, থল্লাই-হকচাং য়াওনা নোম্বা, অহিং মুংথিল নাইদনা খনবা, নোম্বা, ঙাংবা চংই। দেশগী থবক্তা থল্লাই থাবা ঙম্বা মীশক ঙাক্তা ওইরগা থুনা চাওখৎপা ঙমই। দেশগী থন্দুনা হিংগনি, দেশগী থন্দুনা শিগনি। দেশগী য়াইফনবা নোমগনি। দেশগী মুংঙাইনবা শেমগনি। মীওইবা ঐখোয়দি শিখিগদবনি মীওইবা সমাজদি লৈহৌরগদবনি, দেশদি লৈহৌরগদনি।

চৌরজিৎনা—ইরৈবাক অমদি দেশ-বাশিগীদমক্তা মথল্লাই থাবা ঙম্বা মীদি দেশ অমদি দেশ-বাশিগী অথোইবা য়ুম্বীনি। য়ুম অমা শাবদা য়ুম্বীনা অরুম্বা পোৎলুম পুবগুম, দেশ অমদি দেশ-বাশিগী মরু ওইবা থবক পুরিবা য়ুম্বী মীশক্লা ওইরিবনি। য়ুম্বী ফরগা য়ুম অহু ফৈ য়ুম্বী ফল্লগা য়ুম অহু কনদে, মত্তে। মরম ঙম্নুনা

দেশ অমদি দেশ-বাশিগী য়ুম্বী অতু অফবা ওইবা দরকারনি।

বীরজিৎ—য়ুম্বী ফনবা শেম্বগু ঐখোয়নি অফবা য়ুম্বী ওইগদবসু ঐখোয়নি। ঐখোয়দা পুন্নমক লৈরবনি। ঐখোয়না ফরগা দেশ অতু ফৈ, ঐখোয়না ফত্রগা দেশ অতু ফত্তে। ঐখোয় অসি ফনবা তৌবা তাবনি। মীওইশা জাতিগী চাওথৎনবা নোম্বদা থরাই ফাওবা কথোকপা পাম্মুরোইদবনি। অহানবদা ঐখোয় ফনবা শেম্বা দরকার ওই।

চৌরজিৎনা—মীওইবগী সমাজ চাওথৎনবা ঐখোয় অফবা মীশক ওাক্তা ওইবা তাই। ঐখোয়না অফবা থবক তৌবা তাই। ঐখোয়না অফবা রাথল থনবা তাই। ঐখোইংনা অফবা লমচৎ শাজৎ চৎপা তাই। অফবা থবকী মহৈসু শোয়দনা ফবা ওইগনি হায়না আশা তৌই। অফবনা অফবা মহৈ ফত্তবনা ফত্তবা মহৈ তাইবংগী হৌনবনি।

বীরজিৎনা—ঐখোয়না অফ অফবা থবক কয়া তৌদুনা অফবা মীশক ওইবা তাই।

চৌরজিৎনা—ঐখোয়না অফবা দেশ, অফবা সমাজ শিংথৎনবা অফবা থবক, অফবা রাওাং, অফবা রাথল অমসুং অফবা লমচৎ-শাজৎ চৎফম থোকই।

বীরজিৎনা—অফবা দেশগীদমক্তা অফবা মীশক দরকার ওই। অফবা সমাজগীদমক্তা অফবা থবক তৌবা মীশক, অফবা য়াথনথনবা মীশক, অফবা সঙ্গ তৌবা মীশক, অফবা লমচৎ চৎপা মীশক, মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা শিংবা অচংবা মীশক দরকার ওই। দেশবু শেমগৎপদি দেশদা লৈবা মীশক্তা লৈরবনি। মীনা চাওথৎলগা দেশ চাওথৎলি।

মুৎপা




লোইরবা